# মৈরা

( শৈরেং )



তেনস্সুবম কুলচন্দ্র



শৈরেংশিং অসি ইং[illegible]ঙ্গা ১৯৭১ দগী
১৯৭৮ মন্নুংদা ইজবনি ।

---

শৈরেংবা — শ্রীতেনসুবম কুলচন্দ্র সিংহ
রাজবাড়ী, লংকা, নগাওঁ ( অসম ) ।

কোংদোকপা— সুমিৎলৈ পাব্লিকেশন্স,
রাজবাড়ী, লংকা৷ নগাওঁ ( অসম ) ।

উনমবা— শ্রীতরুণ চন্দ্র ভূঞা
অমসুং
শ্রীঅতুল চন্দ্র লস্কর ।

উনমকোন — আর্য্যজ্যোতি প্রেস, লংকা ।

মথুম পুথোকপা— শ্রীতরুণ চন্দ্র ভূঞা ।

মমল — লুপা অহুম

কংথম — মৈতৈ লাইব্রিক য়োমথম শঙ্ শিংদা ।

---

কংথম থোকপা পুম্মক তেনসুবম কুলচন্দ্রগীনি। ডিসেম্বর
থোংশিং ২৫, ১৯৮১ ইংদা অহানবা থোকবা ।

# ৱাহৌদোক

কনাগুম্বগী শৈরেং লাইরিক্কী ৱাহৌদোক ইবগী থৌনা ঐঙোন্দা লৈবদি নৎচদে। অদুবু নোংমা ইনাওসিগী মহাক্কী মথুৎনা ইবা "মৈরা" কৌবা লাইরিক মচাসি থুৎক ওইনা লৈরিঙৈদা পাজখি। মহাক্কী লাইরিক অসি পারুবদদি ঐগী পুক্লিংদা ৱাহৈ থরদং ওইরবস্থু ইনিংবগী ঈশুল অমা পোকলম্মী।

তেনস্থবম কুলচন্দ্রবু অমুক নৌনা ময়ামগী মফমদা শক খংহনক্রবস্থু খুন্নায় থোগম্বা, পুদিলবু খোয়দাবা মীওই অমনি হায়বসিদি খংনবিরিবনি। মহুগী খুদমদি "মতমগী মুমিৎলৈ" কৌবা চেফোঙনি। অঙকপনি মহাকসে মুংদা তুমিন্না য়াম্না চিক্না শৈরোল লৈমগী অচানবা মনাই অমস্থু ওইরম্মি। মসিগী খুদম্না মহাক্কী মৈরানি।

মহাক মতমগী অপাম-মুংশিদা ককত্তাওনবা শৈরেংবদি মান্দে; মাগী থুৎই কয়া কয়াদা ইমা লৈবাকপু নিংজবা অমদি শোঙ্খগৌহনা লৈতোরবা ইজ্জাতিগী মচাবু চাওখৎ লমদাংদা খুমাং কাউশিন্নননা থরায় শোক্লা লাওবা উবা ফংঙি —

তাইবং মীকপ থোক্ল ফাওবদা
থোশাদনা তুমলিত্রা,
মাইকৈ 'পূৱা নিল্লক্ল ফাওবদা
মমিৎ নমাই পাংত্রিত্র ?
হৌগৎলো কৌরক্লে মৈতৈ পোকপীনা
য়াহৌ খেংলবা পারিশা —
—ইমাগী য়ারা।

য়াও - পাদবী ইমানি। ঐখোয়না খোংগুল লীদহুনা তুমিন্না লৈথোকপসি চুমদে। শৈরেংবনা মথংদা মৈত্তৈ নহারোলশিংবু অস্তুম্না কৌরি—

ব্রজবাসী পাওনা, চংনা শামু ফাবা
ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, খম্বা,
পুকচেল য়াংবী য়ারিপোক থম্বা'গ্য
শাৎস্ত্রিবনি লৈকোল অসিদা।
চৎখিবগী খোংগুল লৈরিদে লেংদনঃ
মোইরাং থোইবা সতী খোংনাং
থিরখিদ লৌরেম অহনগী য়ারী
চিংলেন - থঙ্গাল - টিকেন্দ্রগা।
—খোংগুল

পুন্সিগী লমশাং লাকপদা অয়া অনংগী ঈরৈদা ভাহুনা পান্থৈ কংগুকত্রবদা অমুক তেংথারি— অহুবু মহাক্কি কোকজাওনত্রি।

মৈরা য়াওরি নিংহুনা
চৎলুবনি ঐহাক্কি
য়েংবিরমত্রে ঐহাকপু
থাদোকপিরমদে ইদোমত্তা।

- মৈরা

মহাক্কী অয়াম্বা শৈরেংদা চাওথৎত্রিবা ইজাত্তি মচাবু চাওথৎহল্লুরা সাহিত্যাগী লৈকোলদা য়াৎলিবা অহাংবসি মেয়নবগী থৌনা উবা কংই: মতম অমদা লেপ্পবু লেপত্রবদি ইমাগী অরাংপসি খবদং ওইরবস্তু মেনলনি হায়বসিদা থাজনিঙাই লৈরি। মহাক্কী বাখল ফোংদগী মওং নিংথিক্কৈ অমম্বুং লোন ইচম চম্বা ময়মাইগী ওইবা থোম্হোকত্তা ইবনি।

ইজাতিগী লৈকোলদা শাৎলরিবী লৈয়াংসিবু লৎনদনা লৈহেকপী-তুনা লৈনম খয়-খয়তা ওইরবস্তু নম্বিরবদি ইজবা মাগী মহৈ য়াম্লে খনজগনি ।

ময়ামগী,

থোনাউজম বিহারী সিংহ

ওঝা মথং, কাপীপুর এম, ভি, স্কুল

লংকা, নোংশিং ২০।৬।৮১ ইং

# থাগৎ য়াহৈ

"মৈরা" কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিগী শৈরেংবা তেনস্তুবম কুলচন্দ্র সিংহ ঐগাকী চাত্র অমনি । শৈরেং লাইরিক অসি থুংই ওইনা লৈরিবৈদা পাজখি । চহী মতাং নৌনা ইথিবমক ওইরবস্তু অয়াম্বা শৈরেংদা মপুং ফাবা শক্তম অমা অমস্তুং লোনজম তরং তরং উবা ফংগে । লাইরিক মচা অসি মহাকী পুন্সিদা অহানবমক ওইরবস্তু নীংথিবা মরেক মহাও কয়া পাবিরিবশিংনা থেংনবীগনি । নহামক ওইরবস্তু মহাক অসি ঐখোয়গী ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা ময়ামগী ওইনা "মতমগী মুমিৎলৈ' কৌবা চেকোও অমা পুথোকতুনা ইমা-লোনবু মুংশিবগী খুদম উৎপতা নত্তনা, লমদম অসিগী লোইন-শিল্লোনগী লমদাংদ অনৌবা চক্ অমা পোকহনখি । মসিনা ঐখোয়গী শোপ্থরিবা লোইনশিল্লোনগী মমল য়াম্নবা অমনি, মতুংদ খুদোল অতৈ তম্নলকখিনি হায়ংদা ঐহাকী থাজনিঙাই লৈরি ।

ময়ামগী,

শ্রীলাইশ্রম গোপাল চন্দ্র সিংহ

হেড্ মাষ্টর, পহম পুখুরী হাই স্কুল ।

অমস্তুং

জেনরেল সেক্রেটারী,

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম,

নগাওঁ মখা ।

# হায়জনিংবা খরা

সাহিত্যগী কবিতা কুঞ্জদা নৌনা খোংথারক্লিবা শ্রীতেনস্নবম কুলচন্দ্র হান্নদগী ময়াম্না শক খংনরবা মীওইনি। মশাগী মরোমদোম রাখলনা খোরিলাংতুনা সাহিত্যগী মশিং রাংলিবা লমলেম্বুংদা শিংথা-নরক্লবা থা ওরুকী চেফোং "মতমগী মুমিংলৈ" না লৈরাংগুম লৈনম য়েল্লি হায়বদা খোয়না হায়জিবা থোক্কনি থাজদে। কবি অসিগী কবিতা কয়া মখল মখলগী চেফোং কয়াদ থেংনবিরম্লগনি। রাখলগী নাচোম শেম্লিবা লৈচল খুদিংমক পুক্লিং খোয়দানিংঙাইনি।

সাহিত্যগী মরুভূমিগুম্নব ইতাক তারু লৈরিবা মফমসিগী মীপুমদা অনৌবা ঈথকী ঈনোং হাপ্লতা নত্তনা কবিতাগী লীচিং অমা পুরকপদা শোয়দনা মতেং ওইনগনি হায়বসি য়াম্ন থাজবা রাফমনি। মরম অদুনা ওসিদগীসু য়াম্না ফজ ফজরবা রাখলগী ঈপোম কবিগী থম্মোয়মুংদা তাউরমগনি হায়বা থল্লুদবা ঙমদে। মতুংগী আশাদা মিং থম্লগং কবি অসিগী অখাংকনবা থম্মোয় লীচিংবু পুন্সিচুপ্পা অরংবা থরানগুম ঙানতুনা লৈহন্নব মপু মাগী থুয়াদ নিজরি।

শ্রীলাইতোঞ্জম নালমণি সিংহ
খোরিলাংবা, "তাইদিং" হোজাই।

# ঐহাক্কী ৱাহৈ

"মৈরা" ঐহাক্কী শৈরেংগী লাইৱিক ওইনা অহানবা খুদোল তমজবনি। লাইৱিক অসি ইং ১৯৭১ - ৭৮ গী মনুংদা মপুং ফাখিদ্রুনসু অৱাৎ - অনংগী চৈফুনা কনখিবনা ফোংদোকচবা ঙমজখিদে। অদুবু মপু মহাক্না কুবিৱক্লবনা ডিসেম্বর ২৫, ১৯৮১ দা অহানবা খুৎনম অসি ফোংদোকচরি। শৈরেংশিংগী মরক্তা 'মৈরা' মতমগী সুমিৎলৈদা ১সুং ১৯৮০ ইংগী ৪৫ শুব: মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী অধিবেশনদা কবি সন্মেলনগী মতাং অমদা থীজংবে অমসুং ফোংদোকচখরে। মথংদা খোংগুল, অখোয়বা শিনমীসু মতমগী সুমিৎলৈদা, মতম অমসুং পুন্সি, লানফমনা 'থৌগল' চেফোংদা অমসুং অপোকপীনা কছাড়দগী ফোংবা 'নোংপোক মৈরা, চেফোংদা অমসুং ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কগী ফোংখিবা অঙাংশিংগী চেফোং 'তাইদিং' না ফোংবিখি। মসিগীদমক্তা ইডিটর শিংগী মফমদা ইকাইখুম্নজবা উৎচরি অমদি শিংঙমদ্রবা লম্মন তোনশিনজরি।

অরাল অশোয় য়েংশিনবিখিবা অমদি খুৎইদা শাবিখিবা ইয়াম্বা শ্রীধোনাউজম বিহারী সিংহ, খ্বা শ্রীলাইশ্রম গোপাল চন্দ্র সিংহ, ইয়াম্বা শ্রীলাইতোনজম নীলমণি সিংহ খুদিংমক্না সুংশিবিদুনা হায়নিংব পূক্নিংগী থাকম ইদুনা পিরিরকখি। অসিগী দমক্তা ইকাই খুম্নজরি অমসুং শিঙমদ্রবা লম্মন তোনশিনজরি।

লাইরিক অসিগী মথুম শেম্বীদুদা অমসুং উনমদুনা পুথোকপিবা আর্য্যজ্যোতি প্রেসকী মপু শ্রীতরুণ চন্দ্র ভূঞাবু ঙমখে লৈতনা থাগৎচরি অমসুং পূক্নিংগী অপেনবা ফোংদোকচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী অরাল অশোয় য়াওখিবা কয়া ঙাকপিগনি অমসুং মতিক চাফাৎত্রিবা খুদোলশিবু তরাম্ন ওকপিনবা পাবিরিবা শিংগী মফমদা হায়জরি। লাইরিক মচা অসি মৈত্রবাক লমদম লমংংশি তামথ্রবীগী মকাদা কথোকচরি।

তৱাগী তোল্লবা

শ্রীতেনসুবম কুলচন্দ্র সিংহ

রাজবাড়ী লংকা

২৫। ১২। ৮১ ইং

লৈ
চ
ন
লৈচন
লৈ চ ন
লৈ চ ন
লৈ চ ন
লৈ চ ন
লৈচন

●

মৈরা, লম্বী চৎপা,

নাকেনথাগী পামেল, নানৌথাগী শকতম্, থাবল,
সুমিৎ তাপ্রবদা, কৌশিং, অপোকপী, খোংগুল,
হোৎনবা কবা, ইমাগী য়াবা, অপুবা,
লানফম, লাম্মী, মতম অমস্থং পুন্সি,
মতমমগী খোঙচৎ, শায়োনবা,
অথোয়বা শীনমী, পাউজেল, মোংফম।



# কঙ্চবা

ও ইমালৈবাক ! ও ইমালৈবাক !!
কোইনা থিজরক্লবা লৈরাং কয়ানা পুংলবা
হৈত হৈরতা লেংজবা
লৈরাং পরেং অমত্তুং
নংগী মীংথিবা ওকশঘচুদা
হুকচপেনে পলেম ও।
লৈচন শুজত্রবসু ইমা, লৌবিউ সুংশিনা
মোপ্প লৌশিং ঙইরি
ইথুং প্যাঙ্গল ব্রাংচৈ
তাম্না লৈথিবা নপারিঙুম
লৌশিনবিউ অপোকপী।
হায়নৈ ইমা নহাকতি পুকচেল্ল ওপ্পীনি
ইমা নংগী নতিক
থংজ - ভাজারে ঐস্নু
নংগীভগী মিঙথৈ শোনজগে
চানবিউকো থোক্লরিবী।
চীংনা কোইগ্রবী ইমা লমদম তামথরে
মৈতৈ ইশেং তৈরুনা
ইমা নংবু কৌজরি
ফাইরবা প্লোস্লাস্ত থোঙ্হোকনা
কাউবীগনু মণিথোম্বী।
বসন্ত তরাগা মাপনতা লানথরি ইথক্তা
লৌশিং মৈরা পিক্লিদো
নুংশি চাউবী ইমা —
লাপ্পা কৌজবা খুবীরকউকো
নোংলুকচরি হেস্থোয়বী।

# মৈরা

আশা তুরেল তোর্বান্দা
ফল্লি ঐনা ইদোম,
নিঙাইজ্রবা পুন্সিসিগী
বাখল কয়াগা লোইননা ॥

উরন্মী লাপ্পা মৈরা'মা
থল্লি ঐনা তংতনা,
মৈরাগী মঙাল য়েংহুনা
ইনাক্ত পূরকে হায়হুনা ॥

অরা মুঙাই মরক্তা
অকি - অথং লৈতনা,
পুহুনা লাক্লে মৈরাহুবু
আশাগী শঙ্গাই অচৌবদা ॥

মৈরা 'হুগী মঙালদা
কাওরে অরা অনা,
মৈরা মাগী মঙালদা
মোমোন নোকপা ঙমজরে ॥

থল্লি ইদোম ঐহাক্ন
নবী চংপা ঙম্লনি !
ঙাল্লবা মৈগী মঙালদা
চংনিংবা মাইকৈ পাঙহুনা ॥

নোংমা চৎলুই ঐহাক্না
মৈরা অদু পুদুনা
মমবা লম্বী অমদা
চিন্তাগী পোৎলুম পুরদুনা ॥

লম্বী লম্মথাং য়ৌবদা
মৈরা অদু মুৎখরে
অকনবা মুংশিং কংদুনা
খংদরে চৎকম ঐহাকসু ॥

লম্বী লমচুকনরে,
খোংসু থাংবা থোকত্রে
অরাবদা ভারে ঐহাক্তি:
তৌকম চৎকম খংদদুনা ॥

মৈরা য়াওরি খল্লগা
চৎলুবনি ঐহাক্তি
য়েংবিরমত্রে ঐহাকপু
থাদোকপিরম্লে ইদোমতা ?



# লম্বী চৎপা

পুন্সি থুৎতা পাম্নরগা তাইবং লম্বীদা
লম্বী চৎপা ওইরিবা তাদ.
ঐস্নুনিনে নংগুম্নবা লম্বী চৎপনি 'মা
চৎকে থর, চৎকে নংগা তাদ ॥
থুৎশম্মনা রাম্নী, শানা পুবিউ অমুক্তা
রারে ঐদি চৎফম থগুদা ;
মুংশিবিউ নথোং শোক্ল হায়জন্নি ঐনা
মতুং ইনজগে থর, তাদ ।
তৌন্নিসিবু থংন শংনা ঐবু রাজরেদা
কমক মিহৌ চাওই থংনা,
য়েংবিউ তাদ ! মচেৎ শেৎনা চাথোকদৌরে
হিংচা-য়াইতম্ব কাংবুশিংনা ॥
য়েংবিউ ! ঐসে চৎমনহুনা রাজরবা
ইপাং তৌন্নি কনা য়াওদবা,
চৈত্ত 'সিনা লোইজরে ঐগী হায়ববু
পুকচেল চাওবা ও তাদ !

খংলিবনি তাদ নংস্থু তাইবং লম্বীসে
কয়ামুক য়াম্না শুকপগে,
মমখিবনা ইখুৎ 'সি উজদ্রে ইমিৎনা
কোইহাই হাইনা য়েংবদা ॥
হৈমা ! কৈনো খুদিরেনে অকুৎপা লম্বীরা
কদোমদনো ঐনা তৌরিসে
কৈবু কীনা চেল্লগা শওম ওক্বরব্র
য়ুরে, তিংখং শাক্তনি লম্বীসে ?
চৈশু 'তুনা কদায়দা, কদোম' লৈগ্রবা
তৌরিসিবু করিনো ঐসিবু ?
কোঙ্গুৎসিদা অত্নমক তারিব্রা লৈহৌবা
চিংখৎপিউবা তাদ অমুক্তা ?
অরাবদা তারব্রা হংবিদে কনানস্থু
মখোয়তা চৎখিদো প:চৎতা.
খৌনাউসি চেকখায়মুক লাওবদা
শারিনে তানা তানা তাদবা ॥
ফংঙে ফংঙে চৈশু ! ওহো খোংসে তেকলব্র
ঈ-স্থু খোক্লেনে ঐবু তৌরিসে ;
য়েংঙু য়েংঙু মখোয়দি নোক্ল খেনা চৎলি
হংনব্রিদো নাখোয় লাক্লিব্র ?
চৈশু অসি মঙাইরে ঐগীনি হায়বা
তাক্লিদো অকুৎ - অতোও 'পুম্ব
চৈশু নংনা পুবিরো লমজিং ওইনা
য়ারবা লম্বী চৎপা ঐবুস্থু ॥

# নাকেনথাগী পামেল

পামেল মাদি মনা পুঙলম্ব
ভাকনা কোকনা লেপ্লিবা,
লৌবুক লমহাং লংনা কোক্লবা
নাকেন থাগী মঙমদা।
মশা মউতনা 'ম্লাবা উৎতুনা
রাখল অপুম্ব হুম্বুনা,
য়াক্লবা মুংশাগী শাল্পবা মৈশা
থাঙজরি পামেল 'সিনা।
নোলৈ মুংশিতনা মাইকৈ থংদা
হরাউ ভয়াম অমুক্তা,
মনা য়াওত্র পামেল মাঙোন্দা
লক্লরি ঙহাক লৈতনা।
পুক্লিং লাঙদ মোমোন নোকনা
না-নৌথা মাবু ঙায়হুনা,
মনা য়াওত্রবা পামেল 'সিনা
থল্লিদো তুমিন পুক্লিংনা।
ঐসু নোংমদি য়েম্নৌনা পুংলগা
শাগনি জগোয় মালংদা,
ঐগী নীংথিহেনবা উনালক্তা
খোংলনি কুকিল খোম্লৌনা।
লম্বী লমশাং চৎপদা রাম্লবা
লমহুক্লবা লমচৎপা,
কোক্লনি অল্পা' থল্ শোইদনা
ঈল্পমগী মালং শহল্পা।

# নানৌথাগী শক্তম

কুমনৌগী শারবা মুংশাদা
পামেল য়েম্নৌ পৎথরি,
কুক্লিলগী মেংলবা খোঙ্গেম্না
থম্মোয় অসি হূররি।
কুমওনগী নোং অহানবা
থরী শুম্না চুমথরি,
লাঈজগী ইংলবা ঈরিক্না
য়েম্নৌগী পুন্সি হাপ্লিরি॥
লৌবুক লমজাও কয়াদা
অশংবা মচু শংলরি,
কাউরেণ যণবী কযানা
মবুক থম্না চাজরি।
নানৌথা মহাক্কী শকতম
মফম থুদিংদা উরি,
কোক্লবা পামেলগী উশাশিং
য়েম্নৌনা মপুঙ ফারি॥
হৈকোল নৈকোল অপুম্বদা
খোইমু শিংনা নিল্লরি,
খোংলবী লৈকাবু ফজ্জহনা
মালংদা লৈরাং শাম্নরি।
য়েঙখি য়েঙখিবা মিৎয়েংদা
নানৌথা মচু নীংথিন্নি,
চুমথাংগী মচু তরেৎকুম
অস্নুপ্পা মচু তুংলরি॥

# থাবল

কোয়ৌ হুনবন্সু লেঙথরে
অমম্বা শরুক লেঙক্লে
লাপ্ন চাক্তারুবা চেক্লাশিং
মহন ফমদা চল্লক্‌লে ॥

পাংতা হৌজবী থরো থম্বাল
থাজ মহাক ঙাইহুনা
রান ঙাইবগী মতানা
তপ্ন তপ্না শাংকাইরক্লে ॥

পাংকী লাঈজ শংফানরবা
মালংবা শহুম কংহুনা
ঈথক ঈপোম হৌরক্লে
তনিকনা জগোই শারক্লে ॥

ইংনা পোথারিবী লমথুন্নু
রারক শংগায় মথক্তা
থাজ মঙালনা য়ৈবদা
লুপা মচু ঙন্ন নীংথিজরে ॥

মু'না পাইবা নোংহুম অমা
তরক তরক লাক্লগা
থাজ মায়থোং কুপ্নহুনা
ইংনা কেফুলোংপী শান্নরে।

থরানমিচাক ফুরূপনা
লাপুক লাপুক লৈরগা
থাজ ফারুগে মতাগুম্না
তগুপ তগুপ য়েংনরক্লে ॥

ফজৈ থাজগী থাবলসিন্নু
পুকনিং হুবা মঙমলি
থম্মোয় মকা লামহল্লি
ফজৈদবু থাগৎকে থাবল।

  

# নুমিৎ তাশ্রবদা

মালেম লৈমগী নোংচুপ পাংহ্না
কুমথরে কোয়ৌ হনবা,
কুপলে তাইবং অমম্বা মচুনা
লোংথরে অঙাম শরক্না ॥
শজাই তম্নক্লি ময়ো হায়হুনা
পোম্বী চেক্লা কয়া কয়ানা।
যণবী যম্নাউ কাউরেন 'পূব
শজাই তম্না তপ্না ॥
লৈরক কোনশাং খুজং অচিকপা
ঙানলি থাউমৈ কয়ানা,
অঙাংগী ফুরুপ নিল্লব শিংহ্না
লৈথ্রে তুমিন তুঁমিন্না ॥
লুকমাই ফম্বী ইমা ইন্দোলনা
হল্লক্লি শজাই পাঙনা,
অবা মুঙায়গী যাম্বীগী মরক্তা
নিলবা লম্বীদা নোক্না ॥
মুমগী মৌনহা থৌচিম্বী কয়ানা
শুহোরে মথৌম্বু লোয়না,
থুলগী ঐজাগী লাইশং অহুদা
নিল্লক্লে কাংশিগী খোঞ্জেল্লা ॥
অয়ুক লুংখিল নিল্লবা অপুবা
লৈথরে চিক্ল মরাক্তা,
লৈত্রে মালেমগী শক্তম নীংখিবা
তাগ্রবদা নুমিৎ মহাক্না ॥

# কৌশিং

তাউথরি ঈচেলগা লোইননা
কৌশিং অমনা লেপ্পনা,
কৈদগী তাউরক্লিবনো থংদনা
পহ্ং ফমবু ক্লেংদনা ॥
থংহৌদনা থেংনরবা ঈচাওনা
কৌশিং মাবু হৌরহুনা,
লাঈজগী অকনবা ঈচেলনা
মনিং তম্না পুরহুনা ॥
লৈশিঙ্গুরি ঈরৈ কয়া থেংনহুনা
মমৈ মকোক থংদনা,
থনমলি অমুকম্বু থংলহুনা
ঈরৈনিবু হায়হুনা ॥
তাউথরি সুঙায়বা শৈশক্লা
ঈপাক তম্না ম্লেংলহুনা.
ঈরৈ কয়া থেংনরবা কৌশিংসিনা
মশিং থিবা ঈমদনা ॥
তাউথরি মীওইবা কৌশিংগুম্না
পুন্সি ঈচেল তুংইন্না;
চৎলিবনি তাইবংদা লেঙদনা
অরা সুঁতায় বংহুনা ॥

# অপোকপী

লোয়দাম থাবুম তরাঙ্গা   নোংলেন নোংজা তরানি
পিবুকমুংদা নাওপুরিবী,
তাইবং কাওরবা মতুংদা   অমৃত খোমলাং ইল্লিবী
পলেম মহাক্কি পূকফবী ॥

লুমবু শাবদা হকচাংশা   মিংলূদা ঈরানা থল্লিবী
অরাবা রাখয়া ফুম্বংনবী,
শোয়বা তামবা পায়বদা   তুহাক্কা পোথাবা ফংত্রবী
পলেম মহাক্কি রাজর্ষিবী ॥.

মায়থোং লংলবী থাবলদা   নাওথেম ঈশৈ শক্লিবী
চাওরো শাঙ্ঙো হ্লায়ক্লিবী,
মগাক গুয়বী থিরুহনা   অতৈদা অমুক ফংত্রবী
পলেম মহাক্কি অথোয়বী ॥

তম্বাক্কা মচাবু থম্মহনা   পুন্সিগী মংলান তম্লিবী
তম্বানি মণিকি থজরিবী,
তত্তাংবা থজায় চুম্বহনা   হরাও মিনোক নোক্লিবী
পলেম মহাক্কি অপোকপী ॥ .

# খোংগুল

নিংশিংবগী মতম ভুরেল তোর্বান্দ
লৈশোই শেত্তা মরকসিদা,
চৎখিবগী খোংগুল কনাগী তাব্রিবা
লীরসি খোংগুল ঐখোয়না ॥
কংলুগনি কায়বা খোংগুল লীবদা
উগনি মঙাল লম্বী'হুদা,
লৈরিগনি ময়াম্ম লীহুনা উপুদা
তুংইনবা কাংবুগী থম্মবা ॥
শাৎলিবনি সাহিত্য লৈকোল অসিদা
শরুাইবা লৈরাংগী মখম্মা,
থাম্বলদো কমল, চাউবা শৈরেংবা
মৈত্রবাকী সাহিত্য লৈকোন্দ ॥
ব্রজবাসী পাওনা, চংনা শামু কাবা
ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, খম্বা,
পুকচেল রাংবী রাম্নিপোকী থম্বা'মু
শাৎগ্রিবনি লৈকোল অসিদা ॥
চৎখিবগী খোংগুল লৈরিদো লেংদনা
মোইরাং খোইবী সতী খোংনাং,
খিরখিসি লৌয়েম অহনগী রারী
চিংলেন - থম্বাক - টিকেন্দ্রগা ॥
লৈরিবনি মৈতৈগীমু রাংক্তা পাদনা
চৎত্রবমু রাবি অত্তোম্মদা,
ঐখোয়গীমু খোংগুল রাংজনা
ইপা - ইপু পুক্কে ললনগৈদা ॥

# হোৎনবা কম্বা

অমুক ঙমদ্রে অমুকস্মু হোৎনবা
হঞ্জিন হঞ্জিন লেপ্তুনা,
মতম অমদি লাকনি শোয়দনা
ঙম্বগী খোংফম লেংদনা ॥
হোৎনব লেপ্তুবা হায়বগী মতাংদা
লৈরিদো পাউরো ওইনা,
শাইবা কম্বনা ওইনম্মী হায়বা
থুদম লৈরবা রাকম্মা ॥
সুংতস্মু তুমশিল্লি লেপ্তুনা তক্লগা
তুম্মোই হায়বা লৈতনা,
চংপবু লেপত্রদি য়ৌবনি পন্থুংদা
হোৎনবা কম্বগী মহৈনা ॥
তম্বনা মাংতল্লি তাইবং মীওইবা
হোৎনবা রাৎপগী মরম্মা
অতুনা ঐখোয়স্মু হোৎনবা লেপ্তুনা
ফংগনি মহৈস্মু তোঙাম্না ॥
অফবা থবকতি য়াম্বনি য়েক্লবা
মতুবু ঙাকপা হৈতুনা
শুবদা থবকতো লাকনি কাম্নবা
ফংগনি হোৎনবা কম্বন ॥
অরাবা থিকদে য়েংফদে মুঙায়বা
থবক্তো মপুঙ ফাংদনা,
অরাবা চৎথিনি মুঙায়বা উতুনা
হোৎনবা কম্বগী মহৈনা ॥

# ইমাগী য়াব্রা

তাইবং মীকপ থোক্লকাওবদা
থৌশাদনা ভুমলিব্র ?
মাইকৈ 'পুম্ব নিল্লকাওবদা
নমিৎ নমাই পাংথ্রিব্রা ?

হৌগৎলো কৌবক্লে মৈতৈ পোকপীনা
য়াহৌ থেংলবা পাম্বিশা —
কৈরোল লৈকাই পুমনিন নিম্না
মাং থাব্রে মথৌ মথৌদা ॥

হৌগৎলসি পাম্বি-মমোম অপুম্বা
চৎলসি তম্ফা খিঙ্গুনা,
কপত্রেং ফিজেৎনা চাউখৎ লম্বীদা
তম্ফা থোংগুল লীহুনা ॥

তুবগী অমুক লৈতরে মতম
কোক্লো লেমকু য়ৌখরে,
ঙহাক লৈব্রগা সুমিদাং লাক্লনি
চৎলসি মৈতৈ নহাশা ॥

তত্তবা তব্দবা ইমাংদা থারগা
চৎলসি খোংথাং কয়া,
নংনা চাউখৎপা মৈত্রেবাক্কীস্থনি
শুরসি ইথৌ লেপ্তনা ॥
অরাবা থিদনা ঐগীনি খল্লগা
উৎলসি ইথৌনা 'পুম্বা
নংনস্থ খর ঐনস্থ খরা নোম্ব
কাজনি অত্থুনা মপুং ॥
কৈরেন কৈজাউ ভরেং চংনা ফাবা
মথৌনা থাপ্রবা মুপা,
মহাক্কী শুরোন চারোম্নি ঐখোয়
ফিদম লৌবসি নহা ॥
নোম্ববু লেপত্রদি লৈবি কারবা
শোয়দনা ফংবা মানা,
থুমুনা মকোন্দা পোংজবা অত্থুম
পোংবদা লৈভে কারবা ॥
ইমায় থেংনবা কিরুবা লৈতবা
থংবিনি অত্থুদা মীনা,
নত্রিতৈ থংলোই মৈতৈনি হায়বা
উৎত্রদি ইথৌনা 'পুম্বা ॥
চাউখৎ চীংলোল য়োগনি অস্থুম্না
ওস্থুনি কীল্লান মুংকা,
চাউখৎ কীরাম্নি থংবিনী থুদিংমা
অসিনি ইমাগী য়াবা ॥

# অপুন্বা

ঈশিং মন্বিক কয়ানা পুন্নগা
ঈপাক্কী ঈমাই চোই,
উফুল মন্বিক লিশিং লাক্কানা
মালেম লম্পাক ওই ॥
লৈরাং মথল লৈপাম্বী কয়ানা
লৈরাংগী লৈকোল ওই,
মশিং য়াম্লবা অপুম্বা থৌনানা
কন্নগা পাঙ্গল ওই ॥
ঈশিং ঈচাও লাক্লগা তাউবা
ককচেং মতুম উই,
তাক্লি মসিনা অপুম্বা লৈবনা
হিংনবা হোৎনবা য়াই ॥
পিক্ল পিক্লবা পাঙ্গল কয়ানা
পুন্নগা অচৌবা ওই,
তরু -তরুবা থুদম্মি অসিনা
কন্বিবু অপুম্বা কৌই ?
শিংজু্ৎ মচৈমা লায়না থুদেক্লি
মপুন অহুদি ঋাই,
লেংবা য়াত্রবা থুদম তাক্কনি
তন্না চৈশু লেংথোং ফাই ॥

# লানফম

হৌনবুংদা লেপ্তুনা হায়রোইদগে করম্না
তাইবং লানফম নত্তেদা ;
কনা লৈরি তাইবংচা পুন্সি লাম্লোংনি নিংদবা
অসিনি লানফম থক্সবা ।
কদায়দগী লাক্লিবা কদোমদগী হল্লিবা
হৌকম লোইকম থংদবা,
লিরি নাইবা ঈচেম্না অক্তং অথম লৈত্রবা
অসিনি লানফম লেংত্রবা ।
চেল্লি চোংথি তৎতনা তাইবং থরায় খুদিংনা
মালেম কোইথুং থুংনবা,
লানথেংনরি লেপ্তুনা খুৎশু খুৎলাই য়েপ্তুনা
লানগুম ফীরান থেৎনবা ।
পোকপদগী খুদিংনা লানথেংনরি লেপ্তুনা
মোংফম খোঙকাপ য়োৌনবা,
লান ঙম্লবা মাতনা থৌনা ফীরাল থেৎতুনা
হয়ক্লি থৌনা ফবা শাহুনা ।
থৌনা লৈত্রবা কা বুনা অমাব থরোই গুম্না
অকেমফাৎতা লেম্না মাংথিবা,
মথৌনা ভবু উৎতুনা থৌনা ফরবা খুদিংনা
জয়বু জয়হেম্বা শাথিবা ।
লানফমসিবু করম্না হায়রোয় কনানা
তাইবং লানফম নত্তেদা.
পাংলিঙৈগী মিৎ অনিনা লানঙাক্তনি অপুম্বা
অসিনি লানফম লেংদবা ।

# লাম্মী

লাম্মী লাক্কা পোক্লগা লাক্কা কায়া তুম্বিবা
অচৌবা তাইবং লানফম্মি,
মিকুপ 'মা লেপ্তবা হীংননবা হোৎনবা
লেংভ্রবা পুম্সি লানথেংনি ॥

অঙকপা লাল্লোংনি লাম্মী রাৎপা নৈতবা
তুখিবা মথৈগী চঙবনি,
থেংনবগী তুজুংদে য়েক্লববু উবদা
তেলোল তেজাল লাকপনি ॥

লানথেংনা হীংবগী লাল্লোঙনা হীংনবা
হীংগেভ্য শোক্লবা লানফম্মি,
মাইথীবা লাম্মীনা থরায়বু কৎলগা
অমুকস্থু চিংনদা হনফম্মি ॥

নীনিতগী লাম্মীনি নীনিতগী শোক্লব
নীনিদা অপুম্বা লোইবনি,
মীওইবা লাম্মীনি থবকনা লম্বানি
লাম্মাই চুম্বনা মপুনি ॥

# মতম অমসুং পুন্সি

মতম মাদি চৎলি
থাদোক্তুনা ঐখোয়বু,
খোংথাং কম্মা থাংহুনা
য়েংলমদনা কনাবুসু হল্লা ।

খংহৌদরে কনানসু
মংলানগুম্মা চৎলিবনি ;
কনানসু উকৌদ্রে
নোক্ক নোক্কা চৎথে নোংলৈগুম্মা ।

মাগী খোংচৎ তুংইন্না
চৎলি লম্বীদা ঐখোয়সু,
অবা অনা নংহন্না
মিক্কুপ পুংজা থুদিংগী তত্তনা ।

আশাগী ফুরা কয়া
  শাগৎনরি রাংল রাংলবা,
    আশা উপু মাংদ থা
      লৈনরি সুঙাইবা রাথমা।

অদুবু কায়রক্তে,
  পুন্সি মাংগ্রবা মতমদা
    মথং মথং চৎখিনি
      হীংলিঙৈগী রাখল অপুম্বা।

খুদিংনা থম্নরম্মী,
  পাঙল লৌশিং লৈরিঙৈদা
    ঐগী মাগী ভৌতুনা
      অদুবু অরেম্বনি খুদিংমক।

মাংগদৌবা পুন্সিনি
  করি কায়নি থল্লবদি
    কায়দেদো করিসু
      অদুন, করি ভৌমি থনফৈদো।

অশৈবা চাউবগী
  রাহৈরোমদা হায়রগা,
    পুন্সি উরোং য়ুংবনা
      পুন্সিনি, ভাইবংনি ঐথোয়গী।

মতম মাগী তুংদা
  ইথৌবু শুজবা লেপ্তুনা
    চৎলবদি কায়দেদো
      ফংঙিদো অদুমা পুন্সি মমল।

# মতমগী খোঙচৎ

নোঙমা নোঙমা হৌখিদুনা
কুমজা মপুঙ ফাবনি,
কুমজা কয়া হৌখিদুনা
চক্তা খোঙবু থাবনি ॥

তংপা কাংবা 'মুক মাইত্রবা
মতম মাগী খোঙচৎনি,
উরুবা নৈত্ত হৌখিবা খংদ
তেনবৈ গুম্বা য়াঙবনি ॥

তুরেল কৌশিঙ ওইদুনা
তাইবং মীপুম চৎপনি,
কলম্বা মতমগী ঈরৈদা
অশাবা অনাবা নংবনি ॥

মীয়ুংশি থংজ্রবা মঙমনা
কনাবু হন্না য়েংদবনি.
ছীংচাবা কোলোয় মিংথোম্বনা
মাগী মতিক ওইবনি ॥

য়েন্নবা মতম শিজন্নবা
হৈত্রবা মী'দো অৱেম্বনি.
মহাক্কী পুন্সিদো কান্নবা
কাংখ থাঙগী পাংথকনি ॥

ঙসিগী চয়েংগী থাজহনা
মথৌবু ঙবনা হেবনি.
মতম মাতবু ঙাম্মহনা
চৎলিবা মহাক্ক নিংথৌনি ॥

ঙরিদৈ লৈরিদৈ মতমনা
চৎপা 'হনা অথোয়বনি,
শেম্বীবা মপুবু নিংশিংহনা
তৌজমল মচৈ ফংগনি ॥

ঙলবা মীওই অহুতনা
শোখ্‌হৌবতা ওইগনি,
কল্লবা মতমগী খোংচৎনা
কনাবু ঙাম্মদবনি ॥

# শায়োনবা

লৌশিং মৈরা হেন্থোয়বা মংদি
মালেমদা অথোয়বা মীনি

লোৎচুনা করিগী নৈরি
থাবী মৈহৌরে থংলগা

চুমিন্না করিগী লোৎলি
করিগী চিক্না কন্নি ?

মোৎলবা কয়াগু শেংবগী
শায়োন ওন্নিন্নু হায়নরি

মীওই মপোক লৌরো
অৱাবা য়োন্ন' মালেম

লোৎলন্নু ওসিদি চিন্না
কন্নন্নু অমুক্তা নংনা ।

ৱাখল ফংত্রবা হৌংচাবশিং
পংলবা মীচম কন্নাবুন্নু

ওমথী মিৎয়েংনা য়েংদা
শেংলবা ৱাখল ওমা

অমন্নু অমন্নু শিদা
য়েন্নরো মালেম থুংনা ।

ওায়নবা থম্মোয়গী লকা
হোংননবা কীজোল অনৌবা

হৌংলিচৈ ,থানত্রবদি
শিনবা থৌরাঙ লাংতো

নথোদাং ,পুম লৌইরো
শিরগা মালেম কন্নো ।

শিগ্রবগী মতুংদা নঙগী
রাথলগী লৈরোঙ অপুম্বা
নীংথিনা লোখৎনরগা নঙগী রাগী রাখুম্দা
চৎপনা করে ঐখোয় অছুম্বা শিল্লো থৌদাংদো।

যীশুগুম্বা নঙস্মু ক্রসতা
গান্ধীগুম্বা গুলীনা থবাক্তা
লেঙত্রি মথৈ কৈদৌঙৈ পানত্রিমথৈ শোন্নরোই
অৱান খুভম নংগী মহুম্না শিল্লি মপুনা।

হমথীব্বা ওইদবা ওাক্কি
অঙইবা ৱেল্লখনি মাগী
চুম্নবস্মু অম্লখনি লাম্লিবদো চুম্লখনি
অছুবু অচুম্বা নংদি চুঙদা ইথা মযেক্তি।

অছুম্বা কাওক্লো ঙসিদি
ওল্লবা শাৱোঙ্গা নঙগী
হুম্সরো মথৌদাং খুদিং অচুম্ব খুৎশু য়েন্সুনা
শেংলরো মালেমবু অনৌবা লৈরোং হাগুম্দা।

শিত্রবদি থংনবা লৈরোই
হীংলগম্বু কাম্নবা থংলোই
নত্তেলো শিহন্নিংবদি অছুবু শিবা তাবনি
মালেম য়াইফবগী শান্নোবনি থংনবগী।

# অথোয়বা শিনমী

মালেম নোংমদোল থাজ থরান ছুমিৎ
খুৎশেম্নি মঙগী অঙকপগী,
শাবম্মু শেমবম্মু মৈ ঊশিং তরং ছুংশিং
নহাকনি অথোয়বা শীনমী ।
তাইবং লৈশেম্লোন মালেম শিন্না 'পুম
রাখলনি ঙমা নত্তোমতগী.
ঙবম্মু থুগায়বা শেমগৎপম্মু ঙম্বা
শিনফম্নি ঙরুবা নহাক্তগী ।
কুম্নদগীনু কুমা চাওবদগী হৌনা
অপুম্বা পোৎচঙ মালমসিগী,
অরাৎপা লৈখিদনা মথল মওং ওনা
শারিবম্মু নহাক্কি তাইবংগী ।
লৈত্রবনিদো অমা নত্তোম্লগী হেনবা
মালেমসিগী মচুংদা.
থোকত্রিবনি লাম্বা পাবিনবা নংগা
নহাক্নিদো অথোয়বা শীনমী ।

# পাউজেল

লাক্কে পাউজেল শিবগী
তাইবং থরায় পুম্বগী
থম্মাথকী লাঙ্গীজগুম্ব পুন্সিম্নুনি তাইবংচাগী
তাপ্রগনি পাউচেন্দবা পকশিলম্ব গুহাক্ৰগী ॥
লাক্কে পাউজেল তাবগী
মিংকুপ্তো থংদে শুম্বগী
নিক্ নিক্ লাওরত্নুনা ঈরিক্রা গাম্বোযবদগী
নোংলৈ নুংশিং-হুম্বকপদা থংহৌদনা তাখিবত্নগী ॥
মচা নুংশিবা কম্বাগী
মপাং চাম্বা খুদিংগী
শাগৈ-নাতৈ খুদিংমকম্ব নোংম নত্রে নোংমা শিবগী
ফংনগনি মিংকুপ অত্নু তাইবংগী চেঙ লোম্বগী ॥
লাক্কে পাউজেল শিবগী
শিনি পাউতাক শিবগী
শিম্ববগী পোলোয়ত্নুদা শিরবনি হায়বতগী
তম্মগনি পাউদমদো থম্মবনি মালেমদগী ॥
লাক্কে পাউজেল লোম্বগী
তাইবং থাদোকপসিগী
পুন্সি মাগী অয়োইবত্নু কন্নি নুমিৎ থোক্লি থংবগী
লৈতে পাজল কনাগীন্নু অয়োইবা নুমিৎ অত্নুগী ॥
চেল্লগা কাম্নদে হীংবগী
লোৎলগা হীংদে শিবদগী
অমুক পোক্লবা মাদি শোয়বা য়াত্রে শিবদগী
শিরগনি পোক্লবনি অয়োয়বা মতাং ফংবগী ॥
লাক্কে পাউজেল শিবগী
তাইবং থরায় পুম্বগী
অশি-অচং লমলোং অনি নুংশিগী লৌচিং লৈবদগী
হীংবা ওগ্লি থল্লুদা মাগী অঙকপা পাউচেন্দুগী ॥

# মোংফম

তাইবং পানসিদা থুঙলক্নি
মপুগী থৌইনশিন্দগী,
তাইবং কুম্মে য়েংনবা
থাবিরক্নি ঐথোয়বু ॥

তাইবং কৈথেল ময়াইসিদা
মপুগী শিন্থা মতুং ইমা,
কান্নি তাইবং কৈথেল
কান্নবা তেংজবা থিন্নরি ॥

ইমা - ইপা, ইচিল - ইনাউশিংগী
কল্লবা সুংশিগী লিচিংনা,
হীংলিললনি তাইবংদা
পুন্সিনা লৈরিভৈ অসিদা ॥

ঐতগী ওইজবা থিনদুনা
য়েক্লবা মলোম থম্নরি,
কল্লে হায়না লেম্নরি
কান্নবদি কন্নিসু লৈত ॥

নীনিগী চেংজেল পুরকতুনা
হীংলিবা তাইবং মীশিংনা,
শেন্দোয় তানগে লাকপা
শেল্লেপ মাংহনা হম্নরি ॥

ঐহাক্ন মহেক্নে হায়রম্বনা
মীগীদি অমাংবা য়েংদনা,
মাগী মাগী ফননবা
হোৎনবনি খুদিংমক্না ॥
[illegible]গ - জাৎ চাওবা পিকপা থিহ্নবা
অম্রবা অঙোবা খাইহ্নবা
ঐনা মকেক্নে নিংহ্নবা
তাইবং 'সিদা তীংনরি ॥
[illegible]গী থয়াম্বা তারবা মিৎকুপ্তা
ঐগীনা কন্নিনো খংলম্লোই,
হকচাং পোলাং মাংপ্রনি
মোংকম থক্তা পুন্নুবনি ॥
ইমাগী ইপাগী মংশিবত্তম্ব
শাগৈ - জাৎ মশক থিবম্ব
অচৌ মচা যেৎনদনা
মোংকম থক্তা তিল্লনি ॥
তাইবং ইচেলম্ব কাওপ্রনি
থরায়গা খায়নম্নবদা,
করিম্ব কাম্নত্রবনি
মোংকমা লেপা সাক্ষীনী ॥




লোইরবা